মহাকবি-কালিদাসগী

# মেঘদূত

মণিপুরী অনুবাদ


হন্দোকচবা

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতি তীর্থ

মহাকবি-কালিদাস প্রণীত

# মেঘদূত

মণিপুরী অনুবাদ

অনুবাদক

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতি তীর্থ

প্রধানাধ্যাপক ইমফালটোল (গভর্ণমেণ্ট)

# ভূমিকা

মহা কবি কালিদাসগী কাব্য গ্রন্থশিংগী মরুংদা "মেঘদূত" মমিং-নাইবা খণ্ড কাব্য অমনি। চ্যেকশিলহৌদকুনা মপুগী থৌগন শোয়-থ্রবা কনাগুম্বা যক্ষ অমবু মপু কুবেরনা শাউরহুনা চহি অমা চুপ্পা গৃহি-ণীগা কায়নবা ওইয়ু হায়না অভিশাপ পীখি। অভিশাপ ফংলবা যক্ষনা "চিত্রকূট" চীঙ্গী রামগিরি আশ্রমদা মাগী গৃহিণীগা কায়ননা লৈরিবৈদা কুমগী নোং হৌরকপদু উরবদা মঙোন্দা পাউশিবা য়াবা পোৎশক্কি নত্তে হায়বা খঙদনা মাগী গৃহিণীগী মফমদা চেঞ্জনিংবা মপাউ পুন্নমক অদু নোং অদুগী মফমদা চেঞ্জবা অসিতন কাব্য অসিগী বিষয় বস্তুনি।

মসিদা কালিদাসগী অঙকপা ফংলবা কবিত্ব শক্তিগী অমসুং মাগী প্রগাঢ় ওইবা ভৌগলিক জ্ঞানগী পরিচয় ফংই।

কাব্য অসিগী নায়ক যক্ষনি। ধীর প্রশান্ত হায়বা অনুকুল নায়কনি। নায়িকানা স্বীয়া নায়িকা হায়বদুনি। রসনা প্রবাস হায়বা বিপ্রলম্ভ-শৃঙ্গার অদুনি। রীতিনা বৈদর্ভী রীতিনি। গুণনা প্রসাদনি।

নেতা ধীরপ্রশান্তঃ পরমমনুগুণো যক্ষ উন্মত্ত ভাবঃ
ভার্য্যা তস্য স্বকীয়া তদভিহিতগুণা চাত্র মধ্যা।
বৈদর্ভী নাম রীতি র্জগতি নিরুপমং খণ্ডকাব্যং কিলেদম্॥

অসিগুম্বা খণ্ড কাব্য অসিগী মমিদং মণিপুরী সাহিত্যদা তাহঞ্জবা ওমগদ্রা হায়বগীদমক হোৎনজরুবা প্রচেষ্টা অসিগী সফলতাদি পাঠক পাঠিকাশিংনা পাবিবনা ওইসনু। মসি ফোংদোকচনবা মণিপুর গভর্ণমেন্টনা মতেং ওইনা লুপা ২০০'০০ পীনবিখিবগীদমক ধন্যবাদ তৌজরি।

ইতি।

আশ্রব

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

# মেঘদূত

## পূর্ব মেঘ

( ১ )

মপু থৌগন্ চোকশিন্দবা   কনাগুম্বা যক্ষ অম্বা
চহী চুপ্পা ফঙ্গদবা   মশানৌ কায়নগদবা
মপু মীচৈ অকনবনা   মতিক্ ময়াই ময়েং তানা
জনককী মমোম্ সীতানা   ঈরুরম্বনা শেংলবা
লাইজ তিন্বা লোক্তায়গী   নমেরু কৌবা উপালনা
কুং্না কুঙ্নদি হৌরিবা   রামগিরিগী আশ্রমদা
মপু মীচৈ থাঙ্লহুনা   লৈরক্ই চহী অমগী ।।

( ২ )

মশানৌ কায়না মৈশানা   যক্ষ'দু তীঙ্গং-য়াঙ্গজি
খুদাংদা শিব-সনাগী   খুজি অদুস্তু হীকথখি,
মহাক্কো কামগী ঈরাংনা   লোইদাম কয়ামুক লেল্লকই ।
আসাঢ় হৌবদি নুমিত্তা   চীংদম্পাক্তদি কুম্লকপা
খোয়না য়াথিন্ব লাঙ্গোইগুম্   ফজবা নোংবৈ উজখি ।।

( ৩ )

কুবের মনাই অদুনা   অপাম্ রাখলবু থোকহনব
নোংমাঙ্দা রানা লেপ্তুনা   পিরাং থিং-নবু রাখলখি ।
কুমগী নোংবু উরবদা   তুমা কায়দবশিংনসু

পূক্লীং নুংঙ্রোল্লবদবু
মানা লমদম তামহৌরগা
ঙক্কা চেক্লেৎ কোঞ্জনিংবা
করিগী পূক্লীং নুংঙ্রোল্লোই ?

( ৪ )

শ্রাবণ ( ঈঙেল ) থানা নক্লবদ লমদম্ তম্নদি লৈহৌবী
মশানৌ য়াইবী কল্লবা
নোংদা শীখিগে খন্দুনা
কুটজ কৌবা লৈরাংনা
পেন্দুনা ফজ রাহৈনা
মাগী অফব মপাউবু
লৈশাং লৈতম্ব কুইদ্রিবা
অর্ঘ্য কৎলবা মতুঙ্‌দা
নোংদা হ'য়রখি "লাকপিসি" ॥

( ৫ )

অপূনবা মৈ ঈশিং নুংশিৎ
নোংনা কদায়নো ? অতুপা
মখোদাং পুব ঙম্লিবা
শী-নবা পাউনাকরিনো ?
যক্ষনা নোংগী মফমদা
অপাম-নুংশি মথা পোনবা
অচঙ্‌বনি চঙ্‌দবনি
মৈথুগী মশক ওইরিব
ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী
মথরায় পানবা ক ঙ্লুপ্না
রাখন্দনা ঙ ইঙমদনা
মপাউ পুবিয়্ হায়জখি ।
মীশক হায়বসিমক্তবু
হায়বদি কয় খন্নদে ॥

( ৬ )

পুস্করাবর্ত্ত কৌরবা
পোক্লবনিদো মহাক্তি,
ইন্দ্রগী অথোয়ব মনাইনি
অথীবা নোংদম অমনা
নঙোন্দা হায়জরিবনি,
হায়জবনা মহৈ ফংদ্র'স্থ
হায়জবা মহৈ ফংবদগী
নোংগী ফাওরবা শাগৈদা
শক্লোন পুবস্তু ঙম্বনি,
ঐনা খ'ঙিঙ নীংথিনা ।
ঈশানৌ কায়রবা ঐনা
মগুণ লৈবগী মফমদা
মগুণ লৈতবশিংদুদা
থোইদোক হেন্দোক্ন ফবনি ॥

( ৭ )

মৈশ লাংলবশিংতুগী
কুবেরগী মীচৈদগী
চাক্লবনিদে ঐহাক্তি,
নুংশি থোইবীগী মক্ষমদা
অখোইবা যক্ষ খিবিক্কী
য়ৌবিখিবদা তারেদো,
লৈরিবা মহাদেবগী
মঙান্ন ফুরা দোলানশিং

চঙজফম্নিদে নোং! নঙদি,
মশানৌ কায়ন মৈচাক্লা
অতুন নঙনা ঐহাক্কী
ঈপাউসিদদি পুবিখো।
লৈফম অলকা কোন্নুংদা
পানগী হৈকোন লৈকোন্নুংদা
কোকথক্তা তোংবা থাজগী
ঈরং লংনা নীংথিবনি॥

( ৮ )

নঙনা নোংমদোন পাঙথ্রগা
মুক্তাশিংদা মখোয়গী
মশম মন তাশিন্দুনা
নঙনা নশক উংলুরগা
করম্বা নিপানো মাগী
চান্নথোইরবী মুপীবু

মপাংলেন লমদম তামথ্রবী
চান্নবা লাক্লে খন্দুনা
য়েঙজরক্কনি নহাকপু।
ঐগুম্না মীথা পোন্দবা
থাইনমৈচাক্লা ভাওরবী
বারোইরোইদব হায়য়ুদ॥

( ৯ )

তুংইন্নন মালংবনা
ময়াই কারবা নোঙ্গৌবীনা
খোংলি নুংশিবা থোন্থাংনা,
নাউপুজবগী মুঙঙাইবা
পরেং পরেংনা পাইডুনা

হুন্নি নঙবু ক য়দ কায়দা,
নংগী ওইরোমদ লৈতুনা
উরোক অমোমগী কণ্ডলুপস্থু
ফংজতুনা হন্না হন্না
মীৎনা য়েংবদা নুঙঙাইবা,

নঙগী সেবা ( থোগল ) তৌরগনি নোংমদোন কোরৌ থক্তুদা॥

( ১০ )

ঈপন পন্দনা য়োরগা
কায়ন কোরৌ মশীং থীনা
লৈখোক্লা লৈরাং কাবগুম
খুদক্তদি কেমগদবা,
প্রেম পুবা মুজাপুন্সি

ননাও মুপী সত্তী অত্থু
লৈরমগনি উরুগনি ।
উন্নখিগনি আশানা
লৈরাংগা পাঙথক ওইরিবা
কাদুনা থম্লি কায়নতৈ ॥

( ১১ )

উয়েল চেঙ্গুম্থু পোকহনবা
নখোল মুংশিবা মহাক্কী
পন্থৌ মকক চেঙ্জেল ওই
য়োগে হায়না কৈলাস ফাও

লবুকপু লৌনা থলহনবা
ত্তারগা রাজহংসনা
মানস সরোবরদা
নঙগী খোঙবু ওইরগনি ॥

( ১২ )

মীপুম খুদিংনা পূজাবু
চরণ চিহ্ন পল্লবা,
থেংনজরগা মহাক্কা
পোক্লকপা মনিল অশাবা
মুংশিবা মতৌ উৎলিবা
চিত্রকূট কোল্লমগা

তৌনিঙঙাই ওইবা রামগী
বর্ষাঋতু ( চীংজিল ) খুদিংমক্তা
কুইনা কায়নরুবদগী
থাদুনা নঙগী নকাদা
মুংশিবা মরুপ য়াংলবা
চৎনবা নিংখো ময়াথং ॥

( ১৩ )

নঙ্গী চৎলম লম্বী'দো
অত্থুগী ভুংদ চ্যেকশিন্না
তানিঙ্গদবা ঈপাউনি ।
পোথাবিরগা চীঙ থক্তা
পাঙ্গল হাপ্পা ভুরেল ঈশিং

তাক্কে ঐনঃ মথং মথং
ঐগী ঈপাও তাবিয়ু,
য়াররুবদা লম্বীদা
নপাঙ্গল হম্থররুগা
থম্ন থক্লগা খোঙশানখো ॥

( ১৪ )

চীঙ্গী চীঙদোনবু নুংশিংনা    চেনখৎলকপরা করিনো ?
হায়নহুম পুক্রীংদা থল্লিবী    সিদ্ধমণী 'পঙ্ৰৌনা
মঙক থাঙ্গত্তুনা কিনা    ম্নেংগনি নঙ্না পাইনবু।
কংফান্দা খৌবা অচোংপা    জীন থনবা মফমসিদে
মায়গৈ ঙাকপা শামুশিংগী    চাউরবা মনাতোন্দুনা
নোংমদোন থক্কী লম্বীদা    চিংবদগী নাম্বোক্কুনা
ওন্দুনা অরাং মায়গৈদা    চংখো নোংমদোন থকসিদা ॥

( ১৫ )

পদ্মরাগ মরকত    অসিনচিংবা মণিগী
যানখাইনরবা মঙালগুম    য়েংবদা নীংথিজরবা
চুমথাঙ্না মাঙসি মক্কদা    বৈশৌবুংগী মথক্কগী
হৌত্নুনা থাল্লি ফজনা,    মসিগী মতেং মক্কনা
নঙগী অমুবা নশা'সে    রাহোং মতুবু থেঙ্না
গোপগী ফীজোল থোল্লিবা    নারায়ণগী অমুবা
মশাগী মতৌগুমতুনা    অরংবা মঙাল ফংগনি।

( ১৬ )

লৌরু শীঙঙ্বগী মহৈনু    নঙ্গী নখুত্তা লৈবনি,
মরম অত্নুনা খুল্লক্কী    নুজাশিংনা পীশূমগী
থেকপা খোয়বা য়াওজদনা    অশেংব প্রেমবু ফোংদোকপা
মীৎয়েংনা ইকাই খুম্ননা    য়েংজরক্কনি নহাকপু।
অতুগা মতম অত্নুদা    জাঙ্গলনা খোইদোকখিবদা

ওইনম্বা মনম শুংশিবা
মথক্তা ঙৈহাক পল্লগা
"মাল" কৌবা লবুক্তুগী
পন্দনা অৱাং পাংবিখে ।।

( ১৭ )

নঙন অকনবা নোংজুনা
আম্রকূট মহাক্কুনা
চোকথ হুইথ থুংলুরবা
শাইদাংজরুগে থন্দুনা
মম ঙৈঙগী মতেংহুবু
নীংশিংলগা চঙজফম্বু
অচৌবা আম্রকূটনা
মাগী লমৈবু মুংখিবা
লম্বী লমশাং লাকপহুদ
নহাকপু কোকথোংজগনি ।
মরূপ মপীজা লাকপদা
তোল্লবা মীশক ওইরস্সু
পীনদনা তোক্তুবদা
পীদনা করি তোকনি ?

( ১৮ )

মরেক মহাওদি কারবা
নশানা মুশিন মুরবা
চীঙজাও আম্রকূটগী
মতাই মতাই ঙোরবা
ফজবা মতৌ থোরাংনা
অপূনবা শমজিগুম্রগা
নঙনা চীঙদোন লোমগ্রবদা
ময়ায় চবুক্তা মুরবা
মালেম নৈমগী থরককুম
য়েংলক্কনি থয়ুমশিংনা ।

( ১৯ )

মাগী উরী মোংশোংশিংনা
শান্নকম ওইবা চীঙহুদা
লশা য়াংনা নোংজু কন্না
লময়ানবিখো তুংগী লম্বী,
মুঙদগী লমদম ওইরিবা
রেবা কোরবী তুরেলনা
কিরত মুপী খিবিক্কী
পল্লম্নগা ঙৈহাক পুংগেয়
পরপ পরপ্প চত্তুনা
অদুগীদি মতুংহুদা
বিন্ধ্য চীঙগাদি নাপোমদা
চেল্লমগনিকো ফজনা ।

শামুগী শমু-মশাদঃ ময়ি ময়ি য়েক্লহুনা
শেমখিব পত্রাবলীগুম উররগনি নহাক্লা ॥

( ২০ )

তঙথাইদমক ঈঙখৎলকপা নৈগী নৈরীক্লা শংলবা
না-পুমানবা কদম মপান্ উরগা শজীগী কাঙ্লুপ্না
ঈশীংনা নম্বা লমদমদা হৌবা লফুগী অহানবা
লয়োল অতুবু চ'রগা উম্মুংগী লমদম অতুদা
মুংশিবা মনম নৈবাকী নম্নগা লাইজ চুরিবা
নঙগী চৎলম লম্বীবু খঙ্হল্লকনি ময়ামদা ॥

( ২১ )

ঐগী পেম্লবা হায়দুনা চৎনিংলবসু থীন্দনা
কুটজ নৈরাং মনম্না চুরবা চীঙফম খুদিংদা
ঙৈহাক ঙৈহাক্তং পনবদা থীনগনি নঙ্ খোঙচৎ'সে ।
মুঙঙাই পিরাংগা লোয়ননা রাহোং চেক্লাগী কাঙবুনা
নীংথিবা কেক খোঞ্জেনবু হরাও তম্নাম্বা রাহৈনা
ওক্লকপদা নহ ক্লদি চথে ক্লবা হোৎনবিয়ু ॥

( ২২ )

দশার্ণগী নৈকোনশিংগী চ্যোকপন্দো নঙ্না য়োবদা
তোন্দাশাৎপঃ কেতকীনা মশা পূম্নমক ঙোগনি ।
কাকনচিংবা চেক্লাশিংগী মহূম্না লম্বী' উপালশিং
লোইনা শীনবা থুংলগনি, অমুবা মহৈ' মুনবনা
জামগী বননা নীংথিজনি ; মতম অহুমক্তদসু
নৈবাক্তুদা কাঙঙশিংনা মতম খর নৈরগনি ॥

( ২৩ )

দশার্ণ হায়বা লৈবাক্কী ফাওরবা কোন্নুং বিদিশা
য়ৌরগা নঙ্না খুদক্তা ফংগনি কামগী মহৈবু।
বেত্রবতী তুরেল'তুগী পীশূম থেকপগা লোয়নবা
মায়থোঙ্গুম্বা ঈথকপুবা থুম্লবা লাইজ অতুবু
মনাক্তা লেপ্ল খোংতুনা খোবুম থন্না থক্লম্মু ।।

( ২৪ )

বিদিশাগী মনাক্তুদা লৈবনি চীঙ্ 'নীচৈ'' কৌবা
নঙ্গা থেংনবা মতমদা মপালনা পুঙ্য়োম য়োয়বা
কদম পাম্বীশিং উবদা তুজুং মাঙ্গংব মানগনি,
অব্রা পোথাগে হায়তুনা পল্লম্মু ঙৈহ ক অতুদা।
ওক্তবা নুপী কয়াগী হৈরাং লোঙ্জাব মতমগী
নুংশিব মনম পুতুনা চীঙ্ মহাক্নী গুহাশিংনা
পাথংশিংগী নগরগী ফোঙলি অথেংব যৌবনবু

( ২৫ )

পোথারগা চীঙথক্তুদা উমং তুরেলগী মপান্দা
লৈবা লৈকোনগী অপোম্বা যুথিকাদা চুবিরম্মু।
খজাই হুমাং তৈথোকপদা নাপদা চিনবা থম্বালনা
ঈমক মক্না লাংনা তাবা মমায়তুগা মুজাশিংগী
শকখঙ্ মায়খঙনরম্লগা খোঙ্শানবিথো মথঙ্ মথঙ্ ।।

( ২৬ )

অব্রাং লম্বী চংপনিনা নঙোন্দদি উজ্জয়িনী
লম্বীদি কোয়না মথোক্লে অতুমকপু মাগী ফুরা

দাক্লান'শিংবু য়েংবদদি          পুক্লীং হনবদি তৌবিনু ।
নঙ্গী নোংঙাংনা কূপ্পদা          মফম 'ডুগী লৈমশিংগী
অকীব মতো পোক্কনি,          মমীংৎ মনাস্থু থক্কনি ।
সুঙঙাইরমদ্রবদি 'ডুনা          অরেম্বা ওইনি নহাক্তি ।

(২৭)

উজ্জয়িনীগী লম্বীদা          নির্বিন্ধ্যা তুরেল লৈরম্নি,
সুঙ্গাযরক্তা ফজনদি          হুন্নহুন্নত্থম চেল্লম্নি.
ঈথক্কী ঈ.থং ফংবদা          খোংলিবা কাঙঙা ব্রাইনুপী
মশক ওইবা ফজখ্বাঙলি,          অমসুং ইরৈ খোম্বদৌবু
উংলিবী মাগা থেংনরু,          মাগী রসনা পূকথনখো ॥

( ৮)

নির্বিন্ধ্যাগী ঈ:চেল অদো          পীকশিনথরে শমজীগুম্না,
মপানগী উপ'লশিংদগী          কেনবা অকংবা মনানা
মচ্মমেল তাইফেৎ তাইগ্রে,          মীরৈবাক্তা মতম কুইনা
লৈরুবতুনা নহাক্লা          কায়নমৈশা লাংবমতৌ
উৎপসিনা নির্বিন্ধ্যানা          তাক্লি অফবা নরাইবক ।
মহাক্কী তিঙ্গংয়াঙ্গংবা          করম কোক্কনি হায়বত্ত
মুন্না খোয়দানা খল্লগা          তৌফম থোকপত্থ তৌরম্মু ।

(২৯)

লৈবাক অতুগী থুঙ্গংগী          অহল লম্মন খিবিক অদো
উদয়ন বৎসরাজগী          ব্রারী পূম্নমক খঙ্বনিকো
অতুগুম্বা অবন্তিদা          য়োরগা থক্তা হায়খ্রিবা
মচাক মরন্দা ব্রাত্রবী          উজ্জয়িনীদা খোঙ্শানখো ।

মাগী শক্তম্ভু উবদা শীক্তিম্নবা মথাক ওইবা
পুণ্য ফলবু পুত্নুনা মালেমদা পোকচরম্নিবা
স্বর্গবাসীগী অরেম্বা পুণ্যমক্তনা স্বর্গগী
লংলবা শক্লক অমথক পৃথরকপগুম্ খনগনি ॥

(৩০)

হকচাংদা শোকপদা মুভভাইবা শিপ্রা তুরেলগী মুংশিংনা
ময়াইকাত্নুনা অয়ুক্তা হ য়ফম খঙদনা মুংশিবা
অমম্বুং পৃক্লিং হূরবা ম্রাইমুনা খোংবা মখোলবু
লমদম ত ম্না পুরক্তুনা অশাংপা থম্বাল মনম্না
মশা পূম্নমক হাত্নুনা চাম্নবীশিংগী মফমদা
হাম্নজবা অনীগুবদা নোঞ্জ চংচনা ঙাংলিবা
চাম্নথোইবা নিপাগুম্না রতি লীলাগী মতমদা
মত্নুগী অন্নাবা মুজাগী ঈরায় লায়নমক কোকহল্লি ॥

(৩১)

রমণীশিংগী শম্নাংবু মনম মুংশিহন্নবগী
মনম মুংশিবা পোংশকপু থারকপগী মৈথুত্নুনা
থোক্লক্তুনা থোঙনাওগী নশাবু নোয়হল্লক্কনি ।
য়ুমদা ম্নোকপা ম্রাহোংশিংনা হৌনবা প্রেমনা মরূপকী
পীরক্কনি জগোয় খুদোন মরূপ নঙগী নফমদা ॥

(৩২)

উজ্জয়িনী কোম্নুংদুগী ফুরা দালান পূম্নমক্তো
শিঙেল লৈনম্না হাবনি, নীংথিবী রমণীশিংগী
মখোঙ্দা তৈবা আলতাগী মমি লোইনা তারমগনি ।

ফুরা দালানগী মপৈনা উজ্জয়িনীগী ফজবা
য়েংলগা লম্মী লমশাংদা লাকপগী 'ব্লাবা কে:ক্কনি ।।

(৩৩)

নঙ্গী কুচুদি নবুঙেঙা নীলকণ্ঠগী থৌরীগী
মচুগা মান্নৈ হায়দুনা প্রমথ কাঙবু অদুনা
লুনা য়েঙ্গনি নহাকপু. অস্তুম তৌদুনা নহাক্কা
তাইবংপান্না ঈরাৎনিঙাই ওইবা শ্রীমহাদেবগী
অশেঙবা ধাম মহাকালদা য়ৌগদবনিকো নঙ্না ।
জলকেলিবু তৌরিবী মথোক কারকপী মুপীগী
ঈরুবা পোৎচং চন্দননা চিংবা পোৎলম থেংনবদা
মুংশিব গন্ধবতীগী থরো'শংব লৈরিক পুবা
মরম্না মনম মুংশিবা মালংবনা মহাকালগী
হৈকোল লৈকোল পুম্নমকপু নীকহল্লম্মি কাইদা কাইদা ।।

(৩৪)

মফম অদুদা নহাক্কা অতোপ্প মতম অমদা
থুংলুরবম্ভু মুমিৎনা তাদ্রিব মতম ফাওবদি
লৈগদবনি পন্দূনা, শিবগী সন্ধ্যারতিদা
ঢাকী মথৌদাং পুদুনা ঈঙনা লুম্না থোংলুবগী
মহৈ মপুঙ ফাবদুবু ফংজগনিকো নহাক্কা ।।

(৩৫)

সন্ধ্যারতিগী মতমদা ওক্কবী মুপী' কাঙ্লুপ্পা
জগোয় তাল চানা শাবদা জগোয়গী থোঙথাং থুদিংদা
খ্বাঙলী মথোল থোক্কনি, ঈয়াং পুবগী মরোঙ্দা

চামরবুদি হুম্বদা চোকথরক্কনি মথুক্তো,
মঙোন্দা শিব খুজিদা থাম্ব মণিগী মড়াম্না
পূম্নং পূম্নং লংলগনি চামর'ছুগী মখোক্তো,
তাঞ্জাছুদা বেশ্যাশিংনা খুজিন্ন' হোৎপ-মফমগী
পেন্নব মশক ওইরিবা বর্ষা ঋতুদা নহাক্কী
ঈন্নীক অহানব ফংবদা তৌবিমল খঙবা উত্তুনা
খোয়মু পরেঙ্গুন শাংলবা মীৎচিবু থাদোক্লক্কনি ॥

(৩৬)

সন্ধ্যা পূজা লোইরগদা জগোয়ন' লোইব মতমদা
থক্তা ন্নাংনা থাঙ্গংলকপা শিব পাম্বোম উমংথক্তা
কোরক কোয়নদি লৈছুনা অনৌবা জবা লৈরংগুম
অঙাংবা মঙাল সন্ধ্যা গী পুরগ শিব মহাক্কী
ঈনদি পুমতৈ তৈরবা— শামু মরুল শেৎনিংবগী
ন্নাথল অহু কোকহনগনি, ভবানীনা মতম অহুদা
কিবনা মমীৎ কুপ্তুনা য়েংবিগনি নঙগী ভক্তি ॥

(৩৭)

উজ্জয়িনী' লম্বীছুদা অথেঙবা অহীং তাংলৌদা
ভক্ত লমচৎপু চৎলিবী শকহেনবী নূজাশিংছুনা
অমম্বা সনা লমজাওদা মাঙ্গ মরানমাই তাল্লনি ।
থন্নানমিচাক মঙাল য়ৌনা উন্নরোইদবা মতম্নি,
মতম অহুদা নহাক্লা সনা চাংয়েং খোদৌ মুঙ্গুম
অন্নংবা নোংথাং' মতেংনা মখোয়দা লম্বী উৎলম্মু,
খোংবা চুবা তৌরুগমু, কিগনবী ঙাক্কি মখোয়'দো ॥

( ৩৮ )

মতম কুইনা কুপ্লুবনা
নোংথাং তালোয়্নগা লোয়ননা,
য়্যারেকপা য়ুমগী য়ুমথক্তা
থোক্লগা কোয়ৌহনবনা
মরূপ য়াথং য়াকুরগা
মশা মরু দি চোক্লবী
খুমুলাবা অমোমশিংনা
অহীং তাংলৌড়্থ লেক্লন্মু,
লম্বী মচীত্তু চঙ্শীল্লু ;
হৌনদবনি লমদনবা ॥

( ৩৯ )

নুমিৎ থোরকপ মতমদা
খগ্তিতা ওইবী নুপীগী
অদুম্না কোয়ৌহনবস্নু
লীক্লা পিরাং তৈথোকপিগে
লম্বীদু নঙ্না থৎলুনু
চাম্নবা নিপাশিংদুনা
মীৎকি মপি তৈথোকপীনি ।
থম্বালগী থম্বাল মায়থোংগী
হায়দুনা লাকপা মহাক্কী
মানা য়াম্না রারৌগনি ॥

( ৪০ )

ধীরা নায়িকা ওইবী
তরু তরুবী গম্ভীরা
মহৌশা ওইনা ফজবা
অদুনা তুরেল মহাক্কী
ঙাহৌ কৌরবা লেম্নিগী
মশক মীৎয়েংবু·পৃকইত্তিও
নুপীশিংগী পূক্নীগুম্না
কৌবী তুরেলগী ঈশীংদা
নঙ্গী নমি'দু তাথিনি ।
থরো লৈরাংগুম ঙোরবা
ফৎফৎ লাউনা ওল্লকপগী
হায়দুনা লেমহল্লমগনু ॥

( ৪১ )

লীগী লীশাগা শম্নবা
চাংজো নীঙজোন্দে তাগ্রবা
অমুবা লাইজ চয়েবু
খুৎনা পায়বগুম লৈরিবা
গম্ভীরা তুরেল মহাক্কী
হ ইদোক্লগা কুমথরকপা

নঙ্‌না লৈক্ফে চৎলুবদি  য়াম্না লুনা থোক্লরনি ।
মহাও খঙলব কনানা  খ্বাঙদৈ চরৈ নান্থগ্রবী
নুজা মাবু হুন্দোক্নুনা  থোঙ্‌শানব ঙম্বা য়াওবগে ?

( ৪২ )

হে নোং !  নঙগী চুথবকপা  ঈশিংন মশা তৌরবী
লৈপাক লৈনম্বা নুংশিবা,  শামুশিংনা মানতোন্না
শৃৎ শৃৎ লাউনা পুরী' হনা  মপূক্লীং তান নংগ্রবা
বনদা পানবা উডুম্বর  মুন্নবৈ মরম ঙক্টরিবা
ঈংলবা নুংশিৎ নামিবা,  দেবগিবিদা পাংলগে
রাখল থল্লিবা নহাকী  মথা লমদমদা শীংললনি ।।

( ৪৩ )

লৈবাং চুবা নোঙ্গী মশক  লৌরগ' মন্দাকিনীগী
লাইজনা থীকপা লৈবাংনা  দেবগিবিনা লৈবিবা
কার্তিকেয়বু চাইথত্তৌ  পান্থৌ মহাদেবনা
ইন্দ্রসৈন্যবু ঙাক্লবা  মৈগী মচীন্দা হাপখিবা
স্থর্য্যদগীস্থ হেল্লবা  কাত্তিকেয় হায়বা তেজনি ।।

( ৪৪ )

অপোকপী দুর্গা দেবীনা  পাবী মাবু নুংশিবনা
থবো অশঙ্‌বা চিন্নফম  নাকোং অদুদা মহাকী
কোয়না রাহোংগী তেজনা  তারিবা মরন্নাই কেঙ্গবা
মতু অতু থেংপিবনি,  রাহোঙগী মীংমৈ অনীদু
শিবজটাদা নপ্লিবা  থাজ মঙান্ন য়ৈবদা
অমুকস্থ হেন্না লবনি,  পুষ্পবৃষ্টিগী মতুঙদা

লোক্তা তাবনা হৌরবা
খোম্বাং অত্নুনা নহাক্না
নীংখিনা ঝাহোং অত্থবু
জগোয়বু শাহনবিরম্মু ।

( ৪৫ )

শরবণদা পোকচবা
কার্ত্তিকেয়বু খুরম্মু
চৎলগে থৌরাংলকপদা
মখুৎনা বীণা পায়রিবা
সিদ্ধসুপী নিপাশিংনা
ঈরীক তাগনি কিবনা
নঙ্গী চৎলম থাদোক্লবা
মতম অত্থুদা নহাক্না
লম্বী থরদি লান্থোকউ
মতুঙদা রন্তিদেবগী
গোমেধ কৌবা যজ্ঞগী
অফ-মীংচৎনা শক ওনবা
মালেম অসিদা চেল্লিবা
চর্ম্মণ্বতী নদী 'ভুগী
ঈকায় খুম্নবা ভাক্নবা
কুমথরকউকো লৈখাদা ।।

( ৪৬ )

কৃষ্ণগী কুচু মাঙ্গবা
নঙ্না ঈশিং লৌননবা
কুমথরক্লবা মতমদা
সিদ্ধগন্ধর্বনচিংবা
থক্ত' লৈরিব কাঙবুনা
মখাদা য়েংথরকপদা
ঈপাকমক্তি ওইরবস্থু
পীক্না উরিবা লাপ্পনা
তুরেল মাগী ঈচেলবু
নীলমণিনা ঝাইদা চনবা
মুক্তা পরেংগুম মালেমগী
উররগনি শোয়দনা ।

( ৪৭ )

চর্ম্মণ্বতীবু লাল্লগা
হে নোংও ! নঙ্গী নশকপু
খোয়শাংনরব পীশূমগী
পূক্নীঙ্ ঈরাং হৌহল্লিবা
মথেক থেকপদা হৈনরবা,
থক্তা পাবু থেক্কৎপদা
অঙৌ অমু য়াম্নরবা,
অনোম্ব কুন্দ লৈরাংদা

তোংবা খোইমু পরেংগী ফজবদগী হেল্লিবা,
দশপুরনগরগী চন্দ্ররাশিংগী মমীৎনা
য়েংবদা কল্লকহল্লম্মু মতৌ অসুম্না চৎলম্মু ॥

( ৪৮ )

খর চৎলবা মতুঙ্দা ব্রহ্মাবর্ত্ত কৌবা লম্থু
ঈয়াম্থ নঙ্গী নরুম্না পুমুম ওইনা লুমশিল্লগা
চঙ্ডুনা ক্ষত্রিয়শিংগী শাফম লানফমদি ওইরম্বা
কুরুক্ষেত্রদা য়ৌবিখো, নঙ্গী অকনব নোংজুনা
থম্বাল নৈকাবু খিকথবগুম গাণ্ডীব লীরুং পায়রিবা
অর্জ্জুননা থৌরব তেন্না ক্ষত্রিয় মচা খিবিকী
থম্বাল নৈরাংগা মান্নবা মকোক পুম্বা খিকথিবা।

( ৪৯ )

ঈরী ঈত্তানি হায়রবগী নুংশিবগী মথা পোম্না
কৌরব-পাণ্ডব অনিমক্কী অচৌবা লানফম য়াওনিংদবা
লাঙ্গল পায়বা বলরামনা রেবতী কৌবী তালোযগী
মমীৎকি মমি তারবা মত্থ তোক্কুনা থকখিবা
হাওই হায়না য়াখিবা সরস্বতী কৌবী মাগী
ঈশিং অত্থবু অরুবা থক্লগা হে নোং ! নীংথিবা
নন্নুং শেঙ্গনি নহাকী কুচুদনি মুগদবা ॥

( ৫০ )

চৎলগা মফম 'তুদগী মনাক্তা কনথলগী
চেল্লকপী হিমালয়দগী মচাশিংগী সগরগী
স্বর্গদা কাখিনবগী সিড়ি শক্লবী গঙ্গাদা

চৎথো, মানা কোঙ্গোন্না মায়থোংহুদা পার্বতীগী
পীশূম শূকপবু রাওইদা নোক্লবগী মত্তাগুন্না
শিব জটাগী থাজনা পকপা ঈথক্লা খুং ওইনা
মহাদেব কৌব লাইগী লূরেন শম্নাং পায়খিবনি ।।

(৫১)

ফটিকগুম্বা অপানবা ভৌবোক ভৌবা গঙ্গাজলবু
মায়গৈ ভাকপ শামুগুন্না আকাশদা নতুং ওন্দুনা
খোয়তক লেপ্পা থকে থনবা মতম 'হুদা গঙ্গা স্নুংদা
জারিবা নমি অদুনা গঙ্গা যমুনা অনীমক
মফম নত্তনা তিনবগুম পূক্নীং হূনা ফজগনি ।।

(৫২)

মৃগনাভিনা শুনবনা স্নুংশিংবা মাগী স্নুংপাকশিং,
গঙ্গাগী পোকফম ওইরিবা উনগী মপৈনা ভৌরিবা
হিমালয় 'হুদা য়ৌরগা লম্বী লমশাং লাকপশিংগী
অরা কোকপা মতোন্দুদা পূঙ্গোয় থরা ফম্লবদি
মহাদেবগী অঙৌবা শাদোং কাওরেন চীদোন্দুদা
পকপ লৈথোমগী মতৌগুম ফজরক্কনি নহাক্লা ।।

(৫৩)

শীৎকৎলকপদা স্নুংশিংনা দেবদারুগী উকাশিং
থেংনরুবদগী হৌরকপা লমৈনা মমৈ চাকথ্রবী
চমরীশিংনা ওল্লিবা হিমালয়গী মতম 'হুদা
অকনবা নোংজুনা নংনা মুৎকদবনি লমৈ 'হু

খু:দোং থীরবশিংতুগী
মীথোয় মীহেনব কাঙলুপকী
খুদোং অদু কোকপিবনা
সম্পত্তিকী কান্নবনি ॥

(৫৪)

হিমালয় চীঙজাও অদুদা
মরম্নাই মশা তেক্লবা,
নঙ্বু শরভ কাঙ্বুনা
লেনগী নোংজু অকনবনা
থৌরেম হোংনবা কনানো
শাউদুনা কম্না চোংদুনা
মাগী লম্বী থাবিরিবা
চোংদুনা লানগে হোংননি।
তানখাইরম্মুকো মখোয়'বু
তাথি ভারোইনরোইদবা॥

(৫৫)

করিগুম্বা নুঙ অমগী
থোঙ্গুন অমথক শিবগী
যোগীশিংনা মতমখিবিক
ভক্তি তৌনা নকুলুক্লা
শ্রদ্ধা লৈবা মীশকশিংনা
কোকচবনি পাপ মশাগী
মথক্তা হিমালয় অদুগী
তারমগনি তরং তরং।
ঈরাংনরিব মহাকনি,
য়েংওইনা মাবু কোয়রম্মু।
মদ্ উজবা মতুঙদা
প্রমথ থুবম ফংবনি ॥

(৫৬)

মুংশিংনা 'মুংদা থল্লবা
খোংবনি 'ডুদা মুংশিনা,
মহাদেবগী ত্রিপুর—
অদুদা পুঙ্গী পুঙ্খোলগুম
ঈঙনা লুমনা খোংলবদি
কীচক হায়ব রাশিংনা
পূন্না কিন্নরী খিবিক্লা
বিজয় বৃত্তান্ত শকপনি।
গুহা মনুঙ্দা নহাক্লা
শিব শৈশক মপুং ফানি ॥

(৫৭)

হিমালয় চীঙ্খোং চীঙ্যাদা
মানস-সরোবরদা
থোঙনি হায়দুনা হংসদ্বার
পরশুরামগী মীংচৎকি
ক্রৌঞ্চ পর্বতগী স্বরুং
দৈত্যরাজ বলি পুনগে
মুশিন মুরবা চরণগুম
মথঙ্ মথঙ্ ওইনা নঙনা
য়েংনিঙ্ঙাই কয়া য়েংলগা
কাঙও সঙ্গুন পাইবদা
তাইবং পানবনা খঙনবা
উরোং থিন্নকম্ ওইরিবা
অদুনা লম্বী ওইদুনা
হোৎনৈঙেদা বামনগী
শাংনা থোয়না নীংথিজনা
অরাং মায়কৈ পাংবিথরো ।।

(৫৮)

অদুদগীদি মথক্তা
পাম্বে ম্নদি ফুকখিবদা
দেবরমণী শিবিক্কী
থরোগুম ঙৌবা অৱাংবা
নুমিৎ অদুগী শিবগী
লৈবা কৈলাস চীঙদুগী
পাইখৎলগা রাবণগী
লাংদাই পূম্নমক তৎপ্রবা
শকয়েং মীংশেলদি শরুবা,
চীঙদোন্না অতিয়া থেংপা
অপূনবা অথাক মীনোকুম
অতিথি ওইরু নহারু ।।

(৫৯)

হে নোং নহাক্তি তৈরবা—
কৈলাস হায়ব চীঙদুনা
ময়াগুম ঙৌরোক ঙৌবনি,
কাখৎপা মত্তমদা নঙনা
লেংজুমদা ফীশং য়াল্লবা
ঐন নীঙঙি পূম্নমক্না
কজ্জলগুম মুব লংবনি,
খুদক্তা করুবা শাম্নগী
চীঙজাও অদুগী মথক্তা
ফজগদবদি মানা
বলরামগী মতৌনি,
মমীৎকুপ্পুনা য়েঙ্গনি ।।

(৬০)

হায়রিবা চীঙজাও অদুদা
মহাদেবনা মহাক্কী
পার্বতীনা খোঙখাংলকপা
অনীগী মাঙদা চঙলগা
অতোঙ অকুং নাইহল্লগা
ঈশিং লৌদুন পীথক্লো
রত্নগী মশক ওইরিবা
খুদাগী থবক পাংথোক্লো
লিনগী খুজি থাদোক্লুনা
মখুৎ পায়দুনা শম্বীখিবী
মতম অদুদা নহাক্না
নঙনা নশাবু সিড়িগুম
নশান্নুংদুদা চল্লিবা
মশা মবুবু কলহল্লো
চীঙতম্পাক্তা কাননবা
হর গৌবী অনীমকী ॥

(৬১)

মফম অদুদা য়ৌবদা
কাঙলুপকী খুজিনাচিগী
থিনবদা ঈশিং য়ুরবা
ঈশিং পেরে কাপ্পশঙম
ওল্লাংথাদ থেংনবনা
শান্ন ঈরাংদা লুপ্লিবী
অকনবা খোন্থাং থাদুনা
কাংদোং ফারবী লাইরেম্বী
থৌরবা মতোন অদুন
নঙবু থম্লগনি শোয়দন
মখোয়দুননে মরূপ ও !
মথাদোকপিবক্রুবদি
লাইরেম্বী কাঙলুপশিংদুবু
কিহনবিরম্মু নহাক্না ॥

(৬২)

সনাগী থম্বাল পোক্নফম
লাইজ ঈশিংবু থক্তুনা
মতম ঙৈহাক অদুগীদং
ঐরাবতপু পেলহন্দুনা,
মানস সরোবরগী
মচীন্দা ঈশিং পীবগী
ফিগী মথোদাং লৌদুনা
নঙ্গা লোয়নবা মুংশিংনা

ফিগে মানবা কল্প বৃক্ষ মনাবু তপ্না হুমহুনা
মথেল মথেল শান্নহুনা মঙোন্দা অস্নুম চঙ্‌শিনখো ॥

( ৬৩ )

য়ৌনিংবদা য়েম্বা নোংও ! চান্নথোইবগী তম্পাক্ত
চরৈ কোম্বী চান্নবীগুম কৈলাস মাগী মথক্তা
গঙ্গানা ঙৌরোক তারিবা অলকা কোন্নুং উরগা
লৈতে নঙনা খঙলোইদবা, শাউগন্দবী মুপীনা
মুক্তা পরেংনা ফারবা শন্নাংবু খুৎনা পায়বগুম
মরোল তরেৎ লোনবা য়ুম্না তিনবা অলকা কোন্নুংনা
নোংজুপাদা নোংবু চুবা নঙবু তত্তনা পুজরি ॥

মহাকবি কালিদাসনা লেংব মেঘদূত কাব্যগী পূর্ব্ব মেঘগী
মণিপুরী অনুবাদ লোইরে ।

# উত্তরমেঘ

( ১ )

নঙোন্দা নোংথাং লৈবনি
শকহেনবী মুপী লৈবনি,
অয়েকপা মুত্তিনা মঙোন্দা,
লৈরিদো নোংও নঙোন্দা,
পুষ্পোল মুংশিবা দালান্দা,
নণি মাঙ্গোল মঙোন্দা লৈ,
অৱাংবদা মাগী মতোল
অলকাগী দালানশিংদো
চাংদম্নবদা নহাক্না
ফুরা দালান খিবিক্তনা
লৈরি চুমথাংনা মঙোন্দা,
মুংশিবা খোন্থাং অরুম্বা
শৈশক মতমদা য়ৈরকপা
নঙী নবুক্তা ঈশিং লৈ
অতোওবদা লৈ নহাক্না
লৈবনিকো মরম তুনা
মাগা কোন্নবা পোংশক্না
মতীক মপা ওইরবনি

( ২ )

অলকা কোন্নুংদা লৈরিবী
লীলা পদ্মনা-নাম্বুবা,
কুন্দ লৈরাংগী পরেংনা,
ঙোরোক ঙোবা মায়থোং তুদা
মতাফরবা শমজীদা,
নীংথিজবা নাকোংতুদা,
কদম্ব কৌবা লৈরাংনা
নীংথিবীশিংদো মথুক্ত
শমগী শমদোন্দা অপোম্বা
লোধ্র লৈরাংগী লৈরীক্না
অনৌবা কুরুবকনা
শিরীষ কৌবা লৈরাংনা
শিংগ্রেংদা বর্ষা ঋতুগী
লৈতেংবী ঙাক্নি ফজনা ।।

( ৩ )

অলকা কোন্নুং মহাক্কী
তম্তুনা লৈশাং তম্বনা
লৈগী লৈপান খিবিক্কী
লৈহী থক্কে নীংলতুনা

ঙাওরবা খোয়মু খিবিক্না
লৈপাল পুম্নমক নিনবনি,
থম্বাল লৈশাংনবনা
মেখলাগুম্না কোয়শিল্লি,
মফম খুদিংদা অরংবা
কেকা খোম্থাংদা খোংহুনা
নিন্দুং নিম্মাং অহীঙ খুদিং
অমম্ব খিবিক লৈতবনি

ঙ্ুং ঙ্ুং লাওনা ঙংলকপনা
মতম খুদিংদা পুথ্রিদা
মখোয়বু কাঙঙ-পরেংনা
য়ুমদা য়োকপা ব্রাহ্মোংশিংনা
মমৈশিং'হু ফন্দোক্তুনা
মঙকশম অহু থাঙ্গংলি,
থাজগী মঙল তাবনি
ভাংলৌ পুম্বা নীংথিবনি ।।

( ৪ )

অলকা কোন্নুং অহুদা
মুঙঙাইবগী তাবা ঙাক্নি,
কামদগী লাংব মৈশাদি
অমুক হন্না মাঙ্খিবনি,
লৈতে যক্ষশিং অহুদা,
অতোপ্প মরম অমনা
যৌবন নত্তবা অতোপ্পা

যক্ষশিংগী মীৎকী পীরাং
নত্তে অতোপ্পা অমনা ।
মুংশিবা মীশক ফংলগা
অহুনত্তবা মৈশাদি
প্রেমগী ওইনবা নত্তবা
কায়ন থাইনবা থক থোক্তে,
চহী মতাংহু থক লৈতে ।।

( ৫ )

অলকা কোন্নুং অহুদা
লোয়নরবা যক্ষশিংনা
থব্রানমিচাক মমিশিংনা
অট্টালিকাগী মথক্তা
নঙ্গী নখোলগুম লুম্নবা

রমণীশিংগা অথোয়বী
মণি 'ঙোবনা শারবা,
লৈরাং ওইহুনা ফজবা
কাখৎলক্লেদি হায়রগা
পুংবু মৈথৎলক্লবদা

কামগী মথৌ থোইনা শঙব কল্পবৃক্ষদগী থোকপা
মচ্ছবু য়াম্না চোৎকয়িন্না থরুরিবনি উগনি ॥

( ৬ )

অলকা কোন্নুং অদুদা লাইমরুবু পাম্লিবী
যক্ষ কন্যা খিবিক অদো মন্দাকিনীগী ঈশিংগা
থেংনকুবনা ঈংলবা নুংশিৎনা সেবা তৌদুনা
মপালদা হোৌবা মন্দার পাম্বীগী উকুম লাংদুনা
সনাগী লৈডোম মনুঙদা খুৎনা লোত্তুনা থমখিবা
অতোপ্পনা থিগদবা মণিশিংনা শান্নবনি ॥

( ৭ )

কোন্নুংদুদা লৈজরিবী রমণীশিংগী মখাঙ্গী
কিশি থোক্তুনা কোম্লবা ক্ষৌমবস্ত্রবু পাযদুনা
কামগী ঈপোম হৌরদুনা মখুৎনা ক্রা নিপাশিংনা
চিংলরুবদা মখোয়না পাযমা কুক শুংলদুনা
ঈকাইবনা. মাঙদা তাবা মঙান্না রাংনা লৈরিবা
মণিপ্রদীপকী মথক্তা কৃষ্কুমনচিংব চন্দনগী
মকুপ খুবাম চাইদুনস্থ ঈত্তা তাখি অরেম্বদা ॥

( ৮ )

অলকাগী মরোল তরেং লোনবা যুমগী ঈরোই লোইবা
যুমগী মন্নুঙ্দা নঙ্গুম্বা নোং কম্বাবু নোং পুনা
নুংশিৎনা পুরি হুমদুনা, মতুঙ অদুদা নহাক্কী
ঈশিং মরীক মরীক্তা চিত্রপটবু পোপহল্লগা
বিরুকপগুম তৌরদুনা মৈখুনা মপান থোকপগী

মতৌ তম্বদা হৈরবা নোংনা মরীক মফোল ওইনা
থোঙনাও লম্বী পাংলহুনা মপান্নোমদা পাইথোকপনি ॥

( ৯ )

অলকা কোন্নুং অদুদা নোংযাই চবুক লোল্লকপদা
নঙবু নুংশিংনা হুম্বদা লুরবথাগী মঙান্না
শোকপদা ঈশিং শিন্থবা, থাকনগী নাকন মরিদা
য়ান্থবা লংজা খিবিক্না লেংলবা চন্দ্রকান্তনা
নুংশিব মথঙলেনশিংগী অচেৎপা আলিঙ্গনদগী
নান্থোক্লবা নুঙাশিংগী মতমদা রতিক্রীড়াগী
মশাগী চোকথহুইথবা পুমকোক ওইনা কোকহল্লি ॥

( ১০ )

হায়রিবা কোন্নুং অদুদা ঈমুং মমুঙদা লৈরিবা
তুমদনা লনগৈ শেল্লিবা মমীৎ য়াম্বা নিপাশিংনা
ওক্লবী নুপীরক্তগী অপ্সরাশিংগা অথোইবী
রারী রাতায়দা নুপ্পুনা হৌরবা নুংশি খোন্থাংনা
কুবের মগুণ শক্লিবা কিন্নরশিংগা লোয়নবা
নুমিৎ খুদিংমক মপানগী লৈকোন লৈকোন্দা চঙ্‌শিল্লি ॥

( ১১ )

কোন্নুং অদুদা অভিসার চৎলুরবী নুপীশিংনা
অকন খোঙথাংনা লাকপদা হাই হুম্‌বদা মশা'দু
কোম্লবা শমজিথক্তগী কেল্লকপা মন্দার লৈরাংনা
শম্লাংথক্তগী তারকপা অনৌবা ঊন ! মচেৎনা

নাকে'ংদগী নাম্বরকপা সনাগী থম্বাল খিবিরা
শিংগ্রেংদগী চোইথরকপা মুক্তাগী লৈতেংশিংডুনা
থরক ঈপোমগী মচিদা লংঙ্গা তংলবা লীকফাংনা
অহীংগী চথোক চংশিনগী লম্বীবু নুমিৎ থোক্লগা
মীপুম থুদিংগী মফমদা ঈরায় লায়না থঙ্হল্লি ॥

( ১২ )

কুবের মরূপ শিবনা মশাগী শকফম লৌহনা
লৈরিকো মফম অসিদা হায়বসি কামনা খঙডুনা
খোইমুনা লীরী ওইরিবা লীরুংবু পায়দে কিহনা
অহুবু মাগী মথৌদি অপাম্বা ঈরাং পল্লিবা
তেনগী তেন্দম্ফম ওইরিবা মীশকশিংগীদি মফমদা
লেম্না শূপমাঙ মাঙ্দ্রবা পীশূম থেকপগা লোয়ননা
মীৎকি মীৎয়েং য়েংলিবা কাম কলাদা হৈরবী
মুক্তাশিংগী ঈরাং পুবা শারোং শাদানা পাঙ্থোক্লি ॥

( ১৩ )

চরৈ ফিজোলদি অরাংবা, ঈরাং মীৎয়েংবু তম্বিবা—
ময়াই কারবা য়ুরংস্তু, মনা 'নৌবনা য়োমডুনা
শাৎলকপা লৈরাং মীংখিবা; লাক্ষা মথোঙদা তৈনবা
মুপীগী লৈতেং'সিগুম্বা পীবনি কল্প বৃক্ষনা ॥

( ১৪ )

অলকাদা ক্যাবরগী সঙ্গায়গী অরাং মায়কৈদা
নক্লা ঈয়ুম লৈবনি, চুমথাংগুম্না ফজরবা
মপান্থোঙনা তাকপীগনি শোয়দনা হেক্তা খঙ্গনি ।

মতুগী খোঙজিন ময়াদা
অমতংদি হৌহৌবনি,
মচামক্লি খঞ্জতুনা
মাগী মপাল চরোং অদো
অরাঙ্বমক্তনা মহাক্কী

মন্দার পাম্বী অপীকপা
মাবু ঐগী তালোয়তুনা
ময়োকচখিবনি নীংথিনা।
খুৎনা লাম্বদা ফংবনি,
পাম্বীনা মরু লুকপনি ॥

(১৫)

ঐগী মরানয়াই অতুদা
মাগী চল্লিবা থাকশিংতু
মাগী ঈশিং পুন্নমকস্তু
থম্বাল মাগী মখোকশিংসু
পুথ্রী'তুগী ঈশিংথক্তা
নঙবু উরবা ফাওবদা
মনাক্তা লৈবা মানস —

পূথ্রী অমথক লৈবনি,
মরকতনা চনবনি,
সনা' থম্বালনা থনবনি,
বৈডুর্য্যনা ফিবম ওইবনি,
ভানুকাঙনা লৈরগা
অরা অনাবা পক্তনা
সরোবরবু নীঙ্শিংলোই ॥

( ১৬ )

পুথ্রী অতুগী মপান্দা
মাগী মতোনবু শারিবা
মাগী মাম্বকৈ মরিদা
ময়েংবদা পূক্নীং হুরবা
ননাও 'তুনা পামজবনি,
মাম্বকৈ মরিদা নোংথাংনা
নশক উবদা ঐহাক্তা

ইন্দ্রণীলমণিতনা
ক্রাড়া পর্বত লৈবনি,
সনাগী লফুনা কোম্বরা
নহাক্তা চীঙ্গা অনী'সে
অমুক শোমদস্থ নহাক্কী
তকপ তরাংনা কূপ্পনি।
রানা চীঙতুবু নীঙ্শিংলি ॥

(১৭)

ক্রীড়া পর্বত অত্থদা কুরুবকনা কোয়শিনবা
মাধবী লত্তা গৃহগী নাক্তা নারেংবা অঙাংবা
অশোক পাম্বী অমগা ফজবা বকুল অমগা
উপাল অনি'সি হৌবনি, অনীত্থদা অমখক্তি
ওইথংবা খোঙনা নচনগী কাওবিরকপবু ভাইজরি ।
অমনা মপান শাৎনবা পোংনি হায়না নীঙলত্থনা
নচনগী চান্দা উমজবা য়ুগী য়াউম্বু পামজরি ।।

(১৮)

উপাল অনীগী মরক্তা অনৌবা ব্রাশুম ফজবা
মখোঙদা মরকতনা লীক্লাইতনা খুদাফমদা
চনবা সনাগী কায়দোংচৈ অমা লৈবনি নীংথিবা
নঙ্গী মরূপ্লোই ব্লাহোংনা হুমিদাংব্রাইগী তাঞ্জাদা
মঙোন্দা তোংবা মতমদা ঐগী চান্নবী ননাওনা
খুত্তা শিজবা খুজিনী নুংশি মখোলগা লোয়ননা
খুবাক্কী তান্থা থাত্থনা মত্তাকপু জগোয় শাহনখি ।।

(১৯)

হায়খ্রিবা মরোঙ খিবিকসে কাওবিগনু থক পুক্লীঙদা,
থোঙ্গী নাকল অনীমক্তা য়েক্লিবা থম্বাল মোইবুংবু
উরগা ঈয়ূম থঙবিয়্, ছন্দোক্লবনিনা ঐনা
ফজবা মকা লাম্লয়োই, মরমদি কোরৌহনবনা
থোক্ত্রবদবু থম্বালগী ফজকম করি লৈবগে ?

(২০)

নশা য়াংনা চৎননবা শাম্নমচাগী মশাগুম
অপীকপা নশা পুত্নুনা নীংথিবা থেন্না তিল্লবা
ক্রীড়া পর্বত অত্নুদা ফঙ্কম চানা ফম্বিত্নুনা
তন্দনশিংনা ঙানবগুম্না থর থরদং মঙানবা
নোংথাঙ্গী মশক ওইবা মীৎনা ঈমুংদা য়েংশিল্লু ॥

(২১)

মন্নুঙদা ঐগী য়ুমত্নুগী ময়াই চেল্লবী যৌবনগী
মশা মরুম্নু চাংলিবী য়াতোন্না তুম্না তারিবী
থাগী চীনবানবু য়েংলগা অমুনবা তয়ালবু ঙমজবী
মখাংঙনা চেংতক তারিবী মীপাই থীবী শক্তি'মোমগী
মতৌগুম মমীৎ থকচবী খোয়দৌতাবু য়েংলুরগা
ঈশিং ঈরৈগুম কুংলিবী নীঙজোল অনীনা লুম্বনা
চংপদা মঙম শান্দ্রবী থরক ঈপোম অনীত্নুনা
লুম্বনা লুরুক্করিবী নুপীশিংগী মরক্তা
অহানবা থুংশেমগুম্নবী অমা লৈরম'নি উগনি ॥

(২২)

নীরি খোইরিনা রা ঙাংবী মহাক অত্নুদি ঐহাক্কী
অনীশুবা ঈথরায়নি, লোইয়ুম্বা ঐনা মহাক্কী
লমদম তাম্না লৈরবদা চক্রবাক কায়নরবী
চক্রবাকী চেল্লাগুম্না মরোন্দোমদং লৈজবীনি ।
ঙুমিৎ শীংবুম কয়ানিসি শেৎনকায়ননা লৈরক্লি,
মতম অসিদা মহাক্কো অকনবথাইনা মৈশানা,

উনগী চৈথেংনা পাল্লবী
মশক মচু ওল্লম্লনি

থম্বাল লৈরাংগী মতৌগুম
ৱায়বসি ঐনা খল্লক্নে ॥

( ২৩ )

কায়ন মীকপ হেনখিবনা
অশাবম্বরনা য়ৈবদা
শম্লাং চোনবনা কূপ্পনা
চূবা মেৎলিবী মহাক্কী
মুশি মুশি থোক্লিবা

মমীৎ মমায় পোমখৎলবী,
মচীনবান্ মচু ওল্লবী,
মায়থোং মকাদি লামদ্রবী
মমায়দু নঙনা খনবদা
থাজগুম্না ৱানিঙড়াইনি ॥

( ২৪ )

য়ুমগী লাইরেম্ব লাইরেম্বা—
ভাবনা লাক্লুনা ঐহাক্কী
মরোল ফজবী সারিকা
“হে রস খঙবী !
নঙ্গী নবুঙঙো অত্থবু
ৱাহংজরিবী মহাকপু

পূজাদা পূক্নীং লুপ্লিবী,
য়াঙ্গংবা মূর্ত্তি য়েক্লীবা
পোম্লংদা লৈবী অড়ুদা
নহাকপু নঙবু লুনা তৌবিরম্বা
নীংশিংবরা হায়দুনা ?
উজরক্কনি থীন্দনা”

( ২৫ )

অমোৎপা ফীজোলনা কুপ্লবা
ঐগী ঈমীং ময়েক য়াওবা
শৈশকচগে নীঙজরিবী
বীণাতারবু মখুৎনা
স্বরগী অনেম অৱাংবু

তম্পাক্তা বীণা কোল্লগা
শৈরেং অমবু শেম্লগা
মীৎকি পিরাংনা চোৎলবা
তৈথোক্লগা খোংলকপদা
কাউরবী মাবু উগনি ॥

( ২৬ )

কায়নৈঙেদগী অচুঙৈ ঙসিক্ষাওবদা অরেম্বা
সুমিৎ শীঙবুম থীরিবী থোঙথোঙদা থম্বা লৈরাংনা
ঐঙোন্দা পূক্নীং লূপ্তুনা মাগী ভাবতনা শাহুনা
চুম্বন আলিঙ্গন ফংহুনা লৈমিন্নবগী মুংঙাইরা
ফংহুনা লৈরিবী মহাকপু নঙনা উগনি শোয়দনা
মপু থাইহুনমৈশালাংবী মুজাশিংগী অরামৈশা
মুৎননবগী থোরমদি অসিগুম্বনা ওইগল্লি ॥

( ২৭ )

মরূপ ! নচন্দো মুংথিন্দি থবকপু শীঞ্জাং নোম্বনা
মথংলেন থাইন মৈশাদি লাংলম্মোই পঙকন কন্নদি ।
থবক কোম্বনা অহৌঙদি অরা মৈশা হেল্লমগনি ।
অট্টালিকাগী থোঙনাওদা নহাক্না লৈরে হায়রগা
ঐগী ঈপাও'সি তম্লগা মাবু মুঙাইহনবিনবা
অহীঙ্গী নোংম্বাই চবুক্তা লৈমায়থক্তা য়াতারিবী
মীৎকি কপ্লা'মা উইদ্রিবী ননাও'হুবু য়েংবিরুকো ॥

(২৮)

পূক্নীং লায়নানা য়াঙ্গংবী বিরহশয্যা মচীদা
ওন্দুনা অরা থাঙলিবী নোংপোক মায়কৈদা নেম্বদা
কলা অমত্তা ঙায়রবা - থাজগী মতৌ মাল্লবী
হৈরাং লোঞ্জানকৈড়ঙৈ লৈরাংবু লোঞ্জিন্নঙৈহুদা
মীৎকুপ অমগুম অহীঙ'হু ঈরায় লায়নমক লেনখিবী
মানা অহীঙ নোংশোইবা কপ্না কপ্না লেল্লমগনি ॥

( ২৯ )

থোঙনাওনা লম্বী ওইদুনা ঈমুং মমুঙদা চঙলকপা
ঈঙলবা থাগী মঙালবু মহৌশাগুম্না নুংশিনা
য়েংজরুরগা তন্নমক হুজিল্লক্লবা মমীৎ'নিবু
অৱা পিরাংনা লুম্লবা পানা খুমজিঙ্গরীবী'দু
নোংমংবা কোরৌ নুমিত্তা পূমশাৎ শাৎপস্থ শান্তবী
পূমউম উম্বস্থ উমদবী লৈরাং থম্বালগুম উগনি ॥

( ৩০ )

ঈরুবদমক লুবনা থাউবু তৈবদি তৈদবা
শ্যাও শ্যাও লাউরবা খজাইদা তারিবা শন্নাংশিং'দুদা
থোংলবা চীনবানগী 'ৱাবা পীরিবা নুংশা স্বরনা
ঈতৎ তত্তনা য়ৈরিবী মমঙ মহাদা ঐহাক্কা
উন্ননিংবগী আশানা খোয়েন তুমখুন তান্নিংবীনী
অদুবু মীৎকী পিরাংনা তুমখুন তানবদি ফংলম্মোই ।

(৩১)

অহানব কায়ন নুমিত্তা লৈরাংপরেংদি য়াওদনা
পূনখিবা বেণী মহাক্কা শাপকী নুমিৎ লেল্লবদা
খাইন মৈশ কোক্লবদা ঐহাক্কা থোকপীগদবা
শমখোংদদবু শোকপদা অনাবা চৈনা ফাওরবা
অতোঙ অকুৎ নাইরবা অথোৎপ শরূক য়াওদ্রবা
পূম্পুন ওইনদি পূনপ্রবা অদুগুম্বা বেণী' দুবু
খুজিম চাওরবা মখুৎনা থাজাইদগী ঈম্থোক্লকনি ॥

( ৩২ )

ঐহাক্কী চান্নথোইবীদো    মপাঙ্গল য়াম্না শোনবীনি,
নৈতেং পক্ত্রবা মেঙলবা    মশানা অৱা থাঙতুনা
ফমুংথক্তা তোয়ঙন ওনবী    মহাক্না নঙবু মরুপ্লোই !
মীংকি পিরাং শীন্তহন্নি,    থম্মোয় শোনবা থুদিংমক্না
মীন্নুংসি চাঙবা হায়বসি    মহৌশানা ওইজবনি ॥

( ৩৩ )

ননাও অতুগী পুক্লীংদা    পুন্দুনা থম্মি ঐগী প্রেম
থঙলে অতুনা ঐহাক্না    অহানব কায়ন মতমদা
মাগী ফিভমং ওইরম্মি    মথক্তা ঐনা থাখ্রিবা,
শানৌ পুক্লীংনা তাবনি    হায়না পঙহায় হাযবনত্তে
পুম্নমক অসি নহাক্না    উরগা হেক মথঙ্গনি ॥

( ৩৪ )

অচৌইবা শম্না মীং মাগী    মীংচিগী থবক পনগ্রবা,
মবেক মহাও কাবা কজ্জল    মীং মঙোন্দদি হাপ্ত্রবা,
মদ্যপানদি তৌদবনা    পীশ্রমগী ঈরাং য়াওদবা,
মহাক্না মনাক য়েৌবদা    মথক্কী শরুক চোঙ্গদবা
শজিগী মীত্তা মাল্লবী    চান্নথোইবীগী চোংলবা
মমীংনা, ঙানা চোংবদা    লেংলবা থরো'শংবগী
মরোঙ মতৌ মান্নগনি    হায়বনি ঐনা থজ্জরি ॥

( ৩৫ )

ঈথুজিল মফম তাখ্রিবা,    খ্বাঙদা কুইনা শীজরকপা
মুক্তানা শাবা খ্বাঙলিবু    ফত্রবা নোংদম্না থাগ্রবা,

সম্ভোগকী মতুংদা ঐগী
হোম হোম্বা লফু পাম্বীগুম
ওইগী ফৈবোমদো নহাক্না
ইখুৎনা নোইনিঙঙাই ওইবা
ঙোরোক ঙোববা মশাকী
চোংলক্কনি নক্লুবদা ॥

(৩৬)

মতম অতুদা মহাক্না
অদু ওইরবদি নঙ্না
ঙাইবিযু য়ুথক অমত্তং
মমঙ্দা মানা ঐহাকপু
খোরিদগী মপাম্বোম্ন.
তুমখুন হুল্লম্বা মুঙাইনা
মাগী মতুংদা ফমদুনা
তৌবিকনু খোংলাউবা.
ফংদুনা চেক্ষেৎ কোল্লিবৈ
কোনবত্ন না হ্যাকবনবিন্নু ॥

(৩৭)

নোংথাংবু মুংদা ফাতুনা
নশাগী ঈশীং ঈরীক্না
হৌদোকপিরে হায়রগা
অপোম্বগী শকক য়াওনা
নঙ্গা কোন্নবা থোঙনাওদা
ওইনচাউবী শানৌ'দুদা
অমস্তুং য়াম্না ঈঙথনা
ঈঙলব মুংশিংনা মাবু
মালতী লৈবাং' নৌবগী
মশা মহু তেকথৎলবী
তথক তথক য়েংলিবী
অঙং রাইনা পাউদম্মু

(৩৮)

হে লুপ্রাশিংদা চন্দ্রিবী !
মকপ্নি খঙঙ ঐহাকপু
পুক্নিংদা পুমহাল হাল্লগা
লম্নবা মুংশি খোম্থাংনা
থোক্কে হায়না খৌরাংলবা
মীরৈবাক্তা লৈবশিংবু
নপুরোইবগী চান্নবা
মাগী মপাউ পুম্নমকপু
লাকপদি ঐনা নকাদা
রমণীশিংগী বেণীবু
অপাম রাখন্না রান্নবা
য়োইহল্লি ঐনা ময়ুম তম্না ॥

( ৩৯ )

নোং ! নঙননে মঙোন্দা
ঈপাউ অসি তম্মুবদা
সীতাদেবীনা হনুমান্
উরগা তৌবগুম মাস্ম
ঈকাই খুম্নন মমায়বু
থাঙ্গত্তূনা হাবঙজনা
তাজগবি পূক্লিং চঙ্না
মরূপ মপাংনা তম্লবা
মপুরোইবগী মপাউদি
মশানৌশিংগী মফমদা
হেক্তা হাকথেংনবদগী
থরদংদনি তাবিবা ।।

( ৪০ )

শীরকপা পাউ নবুঙঙোনা
মসিনি তাওকো ঈবেম্মা !
হায়জমনবগা ঐহাক্না
নশাগী উপকাবগা
চায়থোইবী'দুদা ঐহাকী
য়াহৈ অসি তম্বিরম্মু
হে পাঙ্গল শোনবী ঈবেম্মা !
হিংলি হৌজিক নবুঙঙো'হ
নঙ্গী কায়ন মৈশা লাংনা
রামগিরিগী আশ্রমদা
লৈরি, মফম অদুদগী
হুংলকই নপাউ অকবা
থরায় পাববৈ মফমদা
অরা-অনা হোঙনা থোকই
অতুনা অহানবা পাউহংদা
অফমপাউদা মহঙনৈ ।।

( ৪১ )

ঈবেম্মা ! নঙ্গী লোয়মুম্বা
লমদম তাম্নদি লৈহৌরে,
অথীবা নোংদম অমনা
লাক্লবা লম্বী খীঝরে !
স্বয় চাউনা শাংনা হোনবা
হকচাং অতুনা মশাগী
খাইন মৈশানা কংলবা
থোইন হেন্নম্মু চাক্লবা
মীৎকি পিরাংনা চোৎলবা
মতম খিব্লিক মরাঙ হৌবা

অশাবা স্বর হোল্লবা ইকচাং মমুংতুদা নঙ্গী
নীংজবা আশা কয়ানা চঙশিনখীদুনা তিন্নরি।

(৪২)

নতাশিংগী মমাঙতুদা হৌনা হৌনা ঙাংবা য়াবা
য়াহৈ অদুস্মু মহাক্না নমায়গা শোক্লনিংদুনা
হায়নিঙলম্মী ননাকোংদা মহাক অদু হৌজিক্কদি
ননানা তাররোইদবা নমীৎনা উররোইদবা
লমদম অদুদা লৈহোরে ঙাইঙমদবনা মহাক্না
য়াহৈ কয়াবু শেমদুনা এঙোন্দা মপাউ শীরক্লি ॥

( ৪৩ )

শ্যামা লতাদা নশাগী মিপাইবী শক্তি মমাত্তা
নঙনা য়েংলকপা মিয়েংগী থাজদা নঙ্গী নমায়গী
য়াহোং চেক্লাগী মমৈদা নঙ্গী চুম্লবা শমজিগী
অপীকপা তুরেল ঈথক্তা নপীশূম্না খৎলকপগী
উরি ফজবা খিবিকপু, অদুবু অরাবনিকো !
নহাক মানবা পোৎশক্তি মউদরেকো শাউগনবী ॥

(৪৪)

প্রেমনা ওইনবা নহাক্কী শক্তম অদু মুপাকথক্তা
চীঙদা থোকপা মচুশিংনা নীংথিজনদি য়েংলগা
মথুয়াদা তুজরবা এগী শক্তম য়েক্লিংবনি।
মতম অদুদা পিরাংনা মীংকি মীৎলম থৎপিখরে,
সুংশিহৈত্রবা বিথিনা অয়েকপা শক্তম ওইরবা
এথোয়'নী উন্নব ফাওবদা কল্লক পূকচেন চেনবনিদো ॥

(৪৫)

ঐনা নঙবু মঙশাল'ত্তুদা
হায়বগীদমক তরঙদা
মচু উরগা উমংগী
মতুম মতুম মুক্তাগুম্না
তোয়না তোয়না হন্না হন্না

ফংলগা চেক্তেং কোজ্ঞগে
পাম্বোম অনী তিংথোকচখি
লাইরেম্বীশিংগী পিরাংনা
তলাপাম্মেনগী মনাদা
তাখিদবা নজ্ঞেকো ॥

(৪৬)

দেবদারুগী অনৌবা
মখোম্না মনম নুশিবা
মগাপাংন চুমথবরই
নুংশিং অদু নশাত্তুগা
ঐনা শংশিং অংতবু

মনাতংপদা তারকপা
মালংবদো হিমালয়গী
হে ঈবেম্মা নঙুং চেনবী !
খেংনরমগনি খন্দুনা
চেংন চেংনদুম কোজ্ঞরি ॥

(৪৭)

শংলবা অচীং যুথকপু
ঈবায় শায়না কেল্লসিগে
নুংশা মৈশা কল্লোয়দগে
মবমদবু খঞ্জরিবা
মৈশা লাংহনবা নহাকী

করম্না মীকুপ অমগুম
মতম খুদিংদা নুংথিন্দা
অসিগুম্বা ওইথোক্তবা
ঐগী পুক্কিংবু থোইদোক্না
থাইন অরানা শোকহল্লে ॥

(৪৮)

চান্নথোক্তবী ও ঈবেম্মা !
হিংলিবনিকো উচিন্না,
পঙরা রাকম্মু নহাকসু

মরোল মরোল রাখল্লগা
মরম অতুনা নিংথিবী !
অরা নুঙঙাইবা পুম্নমক

লীশাং শীৎপদি কনাগী মফমদবু থোকখিবগে ?
কাঙ্খোংগীদি মতৌগুম মচৎপনি ওন্না ওন্না ।।

(৪৯)

নারায়ণনা লেঙথংলগা অনন্তশর্য্যা'ডুদগী
লোইগনি শাপ'সে ঐহাক্কী মরম আসন নহাক্না
নমীৎননা উইশিন্দুনা লোইদাম মরিসি খাঙজম্মু
মতুঙদা শবদ্ ঋতুগী থাবলনা মপৃচ ফারবা
অহীঙ অডুদা ঐখোয়না কায়ন মতমদা নীঙ্খিবা
পুন্নমক অড়ু শোয়দনা থুংলকনি ৱাবমগন্ন ।।

(৫০)

মথংলেন অডুনা অমুকন্থ মপাউ অমগা চেন্নক্লি,
চান্নবী নঙনা মমাঙৈঙ নোংমন্নুমিত্তা ফমুংদা
ঐগী ঙকশম কোন্দুনা তুম্নিঙৈদা নহাক্না
কপ্পা কপ্পা মীকপ থোকখি; মতুগী মরম হংবদ
নপৃক্নীংদদি নোক্নগা থুম্নম্মিদো ঐঙোন্দদি
নুজা অমগা শান্নবা উরম্মি নঙবু মীনম্মা ।।

(৫১)

অবে'ল ব্রারম তমজরিবা ঐবু খঙজু হিংলি হায়না,
মীগী মীরা লৌরহনা থাজদবদি তৌগনু ।
প্রেম তত্ত্ব খঙবশি না হায়নবা লৈ মসিমস্তু
কায়ন থাইনবা মতমদা কবিগুম্বা মরম'মনা
মাঙ্খিব য়াই নুংশিবহু অতবু মহাক অতুমক

মাগী মহৈ ফংদবনা
ৱাখল অতু হেল্লক্লুনা
অপাম নুংশিগী মরমদা
অপুনবা প্রেমতুম ওইরকই ॥

(৫২)

অহানবা কায়নবদগী
নচন'তুবু অসুম তৌনা
মহাদেবগী কাওরেম্ন
হনবিরক্লগা থীন্দনা
ঐঙোন্দা তম্বীরতুনা
মশৌগুম্না হীকথববা
অরামৈচাক হেম্না খাঙ্বী
থেমজিন ফাঙ্জিনবিরম্নগা
মতোলহল্লবা কৈলাস'দৈ
থুদম য়াওবা য়াইফমপাও
অয়ুক্কী কুন্দ লৈরাংগী
ঈথরায়'সে কনবিরোকে ॥

(৫৩)

ঈংলবা হে নোং নহাক্না
থৌনি খন্দূনা তৌবিগে
ঐনা নেকচবা থবকপু
ৱাথুম পাউথুমদবতনা
নঙোন্দা ঈশিং নীরিবা
থুমদনা ঈশিং পীবদাই,
পামজবা মথৌ পাংবিবা
ঐগী ঈথৌবু মরূপকী
হায়না নপুক লেপ্লবর ?
তৌবিরোই হায়বসি, নঙ্গী
লেপ্পদি ঙমদে ঐহাক্না।
নোঙ্গৌবী কোবী চেক্লাদা
নুংশিবশিংগী মফমদা
অফবা মীগী পাউথুন্নি ॥

(৫৪)

পাঙথোকপিয়ু হায়জরিবা
হায়ফম থোক্লেস্নু মখন্ডিঙ
ৱাফম অসিদি নঙোন্দা
অতুমকপু নহাক'সে

মরূপ অমনি, মশাগী
মশানৌ কায়নরবনি
হায়বনবু ওইরবম্ম
ঈথৌ সিদং পাওবিরগা
নোংঙজুনা নশক ফজনা
য়ৌনিংবা লমদম য়ৌবিথো,
ঐগুম নচুম্নু মীকুপ অমা
নোংথাং লৈমগা কায়নম্মু।।

মহাকবি কালিদাসনা লেংব মেঘদূত কাব্যগী উত্তর মেঘগী
মণিপুরী অনুবাদ লোইবে ।

লোইরবা

# অরুবা শব্দগী অর্থ অমসুং ভাবার্থ

## পূর্বমেঘ

৯শুবা শ্লোক। মালংবনা তুংইন্নবা হুন্বা, অমসুং উচেক্না ওইরোম্‌দা লৈতুনা খোংবা অফবা মঙ্গল ত কপনি।

১৬শুবা শ্লোক। "মাল" চীঙ্গীলমদম অরাঙ্‌বা।

১৭শুবা শ্লোক। "আম্রকূট" মতোন্দ হৈনৌ য়াম্না হৌবা চীঙ্‌ তুম্পাক লৈবা চীঙ অমনি।

১৯শুবা শ্লোক। রেবা = নর্মদা, বিন্ধ্য চীঙজাওগী মখোঙদা চেনবা তুরেল অমা। 'শমু' হকচাং।

২২। দশার্ণ = "মালব" লৈবাক্কী নোংপোকথংবা শরুক বেত্রবতী তুরেলগী মপান্দা লৈবা লম্।

২৫। পৃথিকা = যূতি হায়রগা খঙনবা লৈ মথল অমা।

২৬। মুঙঙাইরমদ্রবদি = শান্নরমদ্রবদি অতুনা = অথকপা মীং অতুনা

২৭। রসনা = ঈশিংনা।

২৯। উদয়ন বৎসরাজগী রাজা - মমাঙঙদা উজ্জয়িনীদা প্রদ্যোত কৌবা নিংথৌ অমগী মচানুপী পৃথিবীগী লৈতেং ওইবী বাসবদত্তা কৌবী অমা লৈরম্মী। মাগী মমঙদা বৎসরাজবু উকবতুনা মাগী মযমদা গুপ্তচর অমা মাগী পূক্লীঙগী রা পুন্নমক মঙোন্দা ফোংদোক্কুনা থাখি। অতুদগী বৎসরাজনা মাবু মপামদগী পুত্থুনা চেনখি।

৩। নীলকণ্ঠ = মহাদেব। গন্ধবতী = তুরেল অমা।

৪। ঢাক = ঙৈনব পুঙ্‌ মথল অমা।

৭। মাঞ্জ মরানয়াই = চান্নবা নিপাগী ময়ুম।

সনা চাংয়েং পোদৌ নুঙ্গুম=সনা অফ ফত্ত চাং য়েংনবা নুং মখল অমা লৈ। মতুদা সনানা চিংবদা সনাগী মরীক মফোল অতু ইরং ইরং লংনা পকহৌই। মতুগুম্না ৎংলবা পোং-পাংনা।

৩৯। খণ্ডিতা=অতোপ্পী নুপীগা শান্নরুবগী খুদম পক্লবা চান্নবা নিপানা মাগী মনাক্তা লাক্লবদা কল্লক থম্বল্লবী নুপীবু খণ্ডিতা কৌই।

৪০। ধীবা নায়িকা=মপুক ইংবী নুপী।

৪২ উডুম্বর হৈবোং মহৈ।

৪৪। পারী=মচানিপা। "মহাক্কী তেজন কোয়না তারিবা রা-হোংগী মরনাই কেজবা মতু অহু থেংপীবনি" অসুম্না রাহৈ তাইশিনবিয়ু।

৪৫। শরবণদা পোকচবা=মমাউেঙদা শিবনা পাবতীস সগী মতুংদগী লাকপা মশাগী বীর্য্যদু মৈগী মচীন্দা হাপখি, মৈনা পুবদা ঙমদহুনা গঙ্গাদা হৈদোকখি, গঙ্গানসু পুবদা ঙমদ্র-হুনা মপান্দা লৈবা শরবণদা ঈথক্লা পুথত্তুনা থমখি। মতুদা অঙাংগী মশক ওইনা লৈবহু উরগা কৃত্তিকা তরুক্লা য়োকখি। অফ মীংচংনা শকওনবা=মমাদৈদ দশপুরগী নপু রন্তিদে-বনা "গোমেধ" হায়না যজ্ঞ অমা তৌখি। মতুদা হাংখিবা শাগী ঈহুনা যাম্মনখিহুনা তুরেল ওইনা চনখি। তুরেল অদুগী মমীং চর্ম্মন্বতী কৌখি। মাবু উরগা মহারাজ রন্তি-দেবগী মীংচৎ অফবহু কাউনদ্রি।

৪৮। ব্রহ্মাবর্ত্ত="সরস্বতী দৃষদ্বতী" তুরেল অনীগী মরক্তা লৈবা লমদম্। কুরুক্ষেত্র=হৌজিক্কী "স্থানেশ্বর" হায়বা মফমদগী মৈরম পাংবদা লৈব মফম্।

৫০। কনখল=চীং অমা। ৫৪। শরভ=মথোং নিপান পানবা শা মখল অমা।

# উত্তরমেঘ

১। লীলাপদ্ম = মুপীশিংনা কেথোক মোথোকপগী মরোঙদা মথুক্তা পায়বা থম্বাল।

৪। যৌবন = চহী তরামঙাগী মতুং।

৫। অট্টালিকা = ফুরাদালান। ৭। ক্ষৌমবস্ত্র = অতসীদগী শুংবা লংনা শাবা ফি। পায়মাকুরু শুলংনা = বুদ্ধি লৌশিং থোক্তনা।

৯। চন্দ্রকান্ত = মণি মখল অমনি। মঙোন্দা থাবলনা যৈবদা মঙোন্দগী ঈশিং তাই। ১৬। ক্রীক পর্বত = শাননবগী দমক শেম্ব লৈতোং অরাংবা।

১৭। অশোক বৃক্ষদি মুপীশিংন থোঙন কাওরগা মপান শাংলি, বকুলনা মুপীশিংগী মচীন্দা উম্বা যু কামশিল্লগা মপাল শাংলি।

২১। চাংলিবী = কংলিবী।